**Houjikta Nong Churakli**
**a collection of Manipuri poems**
**by Aheibam Kritam[illegible] Singh.**




অহানবা ফোঙবা : মার্চ ১৯৯৭

অফোঙবা : রমনি পব্লিকেসন্স
হৈরাঙ্গোইথোঙ অহৈবম লৈরক - ৭৯৫০০৮

মখুম য়েকপা : এম: এল: মোইরাং ( মোতিলাল )

মখুম নম্ফম : আই: বি: পেইন্টিং এণ্ড স্ক্রিন প্রিন্টিং ৱার্কস, পাউনা বজার ইম্ফাল।

ছাপা নম্ফম : পি: এস: প্রিন্টিং এণ্ড স্টেসনরী
শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক।

কোপী মশীং : ১০০০

ফংফম : ১) অইবা মশা।
২) মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি,
C/O. মণিপুর হিন্দী পরিষদ, ইম্ফাল।

মমল : লুপা ৩৫/-

নোংমা নত্রগা নোংমদি
শোইদনা চংলগদবা লম্বীদুদা
করিসু তাকলমদা
হাথু হাথুনা
চংখিবা করিগীনো
ইয়াম্বা রাধাচোরোন
ইমাক জোকেল্লা
অনীগী মফমদা।

# রাহৈ খরা

করিগুম্বা খরদি ইগে, কোঙগে হায়নদি মথল্লি। থবক অমা তৌবদা হোরেন হয়েং তৌগে হায়বগি হৈনবি লৈথিবনা চহী কয়া মথং মথং লেপ্তুনদি চৎখিমান্নে। হোৎনরগে থল্লবস্থ কুইনা ফম্বা ঙমদে ফুক হেক্তা হৌগৎনিংই; কোম্না তৌরগেদা হেক্তা তোকই। থা কয়া চহী কয়া য়েংলুদে শেমলুদে, কদায় কদায়দনো পংথম থমখি। মসিনি ঐঙোন্দা খ্বায়দগী রারিবা, লুরিবা, কুইরিবা, মীগা মীমান্নবা ঙমদ্রিবা।

প্রকৃতিগী ফজবা থৌংশেমগী চাওখৎপা ঙহাক ঙহাক্কী মীওই কয়া উবদা, চাবদা থকপদা, কোইবদা লাইরিক প্যারিঙৈ, তুমিন্না লৈরিঙৈ পূক্লিংদা ফাওরকপা খরহু লাকশিন্দুনা থম্নবা হোৎনখি। অমুকস্থ চারা থক্লা, তুম্না খরা লাং, সরক্তা খরা ফম. মীরা খরা ঙাঙনা, থৌ লৈতা অমগীদা খরা ফমদোক, খুঁজি থারবা শগোনগুম পলেপফম খঙখিদমান্নে। অমরোমদা মীওইবগী রাখলসি মনীং তমগল্লি, ওইরোইদবা রাখলগী মংলান্দা খরা তাও মতম শাংনা মাংহনখিমান্নে; হৌজিক্তা নীংঙম্নকখিদে। অহুবু মতম শাংনা চহী কয়া লীশাং শিংনা মাংহনগ্রবস্থ জ্ঞান তাদবা অহীং কয়া হৌগ্রবস্থ মখোয়শিংহুনা ঙসি'দ ঐগী ইফমদদি ইনবগী অচৌবা মচাক অমথক্তুংদি পীবীরম্নে। অহুবু, উনবগী হরাওবা মুংঙাইবা লাংলিঙৈ মতমদগীদি অরাবা অচীকপা অথেংবা মতমনা ইনবগী মচাক থোকপা হেল্লি। তৌবদি থোকখিবা কয়া নীংশিংবসিনা ইনবগী পাম্বৈ অমস্তুনি।

অমুকস্থ তুমিন্না ইরিঙৈ কদোমদগীনো খংশাও শাওনিংলকপা য়াওরকখি; মহু ফানবা হোৎনবদা অরাবা অমা ওইখি। করিগুম্বদস্থ মসিনা মফরে থন্দুনা ইগে থল্লকপদা থল্লকপদি ইদহুনা কলম্না ফৈনা

মনীং তম্না চৎখিবা থোক্কবা নত্তে। অতুবু ঙসিগী চাবা শেৎপা নীংবা থুংব্রবা অৱা-অনা চরাংনবা মরকসিদা মীৎকুপ অমতং ওইরবস্ত ইংলবা মাপ্লংনা হুমখিদবা কনাবু য়াওৱমগবা? নোংমা মরূপ অমদা খঙহৌদনা ৱারী শাদোকখি। শৈরেংবু ওইরে, ৱারী মচাবু ওইরে, অৱাবা খুদোংথিবা থৌদোক ৱাথোক ইনিংদে, অসিগুম্বা কয়া ইরুরগা ভুদা ঐঙোন্দা চপ মান্নবা হংল্লকপগুম তৌই। ঐগী ৱাহু মরূপ অতুনা য়ানিংখিদে।

শৈরেং খরদি মকমসিগী মেগাজিন, চেকোঙ অমদি এশ্কোলোজিদা য়াওগ্রবনি; মতুবু অমুকহন্না ফোঙদোকপা য়াহনবিবগীদমক মরী লৈনবা পুন্নমকপু থাগৎচরি।

লাইরিকসিগী মতাংদা ইয়াম্বা থাংজম ইবোপিশক উনজখি, ঐঙোন্দা কান্নবা কয়া ফংজখি। লোয়ননা লাইরিকসি ওইনবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া থাংমিন্নতুনা হৌবদগী লোইবা ফাওবা ইতেং পাংবিখিবা, শৈরেংসিগী মরমদা পুন্না ফম্মিন্নতুনা অফ ফত্তা কয়া তানজখিবা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, য়েনশেম্বম কুঞ্জবীহারী অনীবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। পূক্লিং থৌগৎপিখিবা, শৈরেং পামিন্নখিবা লাইরেনলাকপম শামুঙৌ, খুমন্থেম শরৎচন্দ্র অমদি মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী মরূপ-মপাং পুম্বা থাগৎচরি। চিন্নবা মতম কায়থোকপিতুনা এম: এল: মোইরাং (মোতিলাল) না মখুম য়েকপিখি; লোকেন আই: বি: না মখুম নম্বগী থৌদাং লৌবিখি। লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা পি, এস, প্রিন্টিংগী শরত খুমন অমদি প্রেসকি মীওইশিং লোয়ননা ভেবাংবিরকপা পুন্নমকপু পুন্সিসিমগী কাউজরোই।

১ মার্চ, ১৯৯৭ অহৈবম কৃতমালা সিংহ

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

———

# খোমলাং লমন

ফুঙ্গা মপান্না কোয়না
মচাশিংনা লৈরিবত্থু য়েংলগা
শাগংচৈ আশা কয়া
নোকচৈ মোমোন মোমোন ।

ঙাল্লবা মৈঙাল্লক্তা
ভাইবংগী মুংঙাইবা কুপ্মেলক্তা
মচা শেলথোকপদো
নোকহৌই নুপীগা লোন্না লোন্না ।

মোংলবা ফদি ফরা
লৈকাও চারবা কাঙখল
য়েংশিনবিদ্রবা কাংথোল মথক্তা
থুহৌই লোক মমাদো শিথ শিথা ।

৮ অগষ্ট, ১৯৮৯

# কলিগী নিংথো

হে মীওইবা ঈশ্বরগী মহুত্তা
হৌজিক কলিগী নিংথৌবু নীংজৌ।
ঈশ্বর মাবু নীংবনা
করিসু কান্নরোই ;
মীনা ঈশ্বরবু নীংহুনা
নোংমদা মতম শাংনা মাঙহনবতনি
থৌ নৈতবগী থবক্তি।
নমীংনা উশ্রবরা ?
ঈশ্বরনা করিবু ঙমঞবগে ?
লান্না শন্দোকপনি থৌরৈতবশিংনা
মাবু নীংহুনা অরাবা কে'কহনবা
ঙাম্ন'ই কান্দবনি মতম মাঙনবনি।
কলিগী নিংথৌদি
ঙমদবা নৈতে
নঙবু শেমবিবসু
নঙবু হিংহনবসু
নঙবু শিহনবসু
মাগী য়াথংদা
মৈ ঈশিং পুরকপা ঙম্মী
মাবু করিগী নীংত্রিবনো
১৭ অগষ্ট, ১৯৮৯

# তাৎ

হলো মাইক্রেল
য়াইফরিদনা
গুদ মোর্নিং
গুদ ইভিনিং
কদায়দনো কদোমদনো উদবা কুইরে
নোকই ঙাঙই অফবা শাই।
পুম্নমক নমথাক চীনবানথোঙগী
শেমজিন শাজিনবা ৱাহৈ ময়াম
কাক্কী মশাদা ৱাহোং মতু
কৈবুই কৈওইবগী লৈবাক
লমহূইগী মফম।
নোংজুথা লৈনাং
নিংথমথা উফুল
চাওখৎপগী মায়থোঙ
চাকথুম্নদা অমম্বা
চাওখৎপগী টেলিবিজন
ইমুংদা কাঙ হয়িং
চাওখৎপগী সিনেমা
য়েন্নথাদা অমাংবা।
চাওখৎপগী ফিজেৎ
লম্বীদি লৈখোম
বার্থডে পার্টি ফংসন
লেঙশিনবিরকউ থাগৎচরি
বাই বাই
টা টা

হৌজিক্তা নোং চুরক্লি — ৩

অন্টি ডেভি মামি।
পূম্নমক নমথাক্লি তৌশিন্নবা ভাক্তনি
চীনবানথোঙদা নোকশিন্নব
পুক্নিংদা ফত্তা বাখল
ঙম্নমক তাং পূম্নমক নমথাক।

১ সেপ্তেম্বর, ১৯৮৯

# অরা মুংঙাই

ঙাইখো ঙাইখো হাংলো হাংলো
থাঙজৌসিনা মমায়দা ম্নানথংনু
শীংজঙসিনা মনঙ্গদা খাঁয়দো
য়োংপাকসিনা মথীবোঙ কোংখোকউ

মুমিদাংবাইরম ঙঙ্‌ান্নবা মশেক
মুংশিংনা লিরি লিরি শীংপা
মাঙগী ফৌনানা ঈথক হৌরকপা
লুমাঙগী চোইজায়নরা শম্নাং।

হুরানবগী মচা হুরানবী
নঙক থদংলগে
নথীবোঙ চাগনিদা খনবা
নখয়াং শেগায়রগে।

অতিয়াগী থাজমু থোরক্লি
মুংশিবীগী খোয়থুম্নবা খোঞ্জেল
নাক্তা শাংলিবা নীংথিবী নৈরাং
চান্নবীগী নৌরা খুংশা।

শিরে শিরে মায় মীং
থবাক পুক ঈগী ঈ ঙাক্তা
ক্রঙ ক্রঙ চোংনা
লম্বী মথক্তা তারি।

৮ সেপ্তেম্বর, ১৯৮৯

# নঙদি নঙনিদনা

ঐনা খ্বায়দগী হেন্না মুংশিবা
নঙ খঙনীংবরা ?
ফজবা নীংথিবা
জীব পানবা পুম্নমক্কগী
মুপ্নগী অমথক্তনি ।

য়েংঙোই, মালেম তংখায় অমা
পুম্নপ লেপগ্রবস্থ,
মাবুদি থাদোকপা ঙম্মরোই
অতুগা নঙদি নঙনিদনা ।

ঐনা খ্বায়দগী হেন্না মুংশিবদি
ইমা, ইমা মাতনি
ঐনা লৌবা মুপী থুদিংমক
ঐগী মুপীনি হায়গনি
ইমাদি মুপগী অমথক্তনি,
ঐগীদমক ফনবা থম্লি
নঙদি ঐঙোন্দা নমথাক্কী মীনোকস্থ
কয়ারক হন্না নোকখিমাম্নে ।

য়েংঙোই, চাওরক্রবা জ্ঞান তারক্রফাও
য়াইফবা! কয়াগী মোনতুম মোন্তেক্কগী
হেন্না মুংঙাইনা পোৎথাজখি
ইমাগী শেগায়রবা ফদি ফরালক্তা ;
কন্না নারবা কান্দা
অহীং চুপ্পা তুম্বা য়াদনা
ওন্না থোইনা থাঙলবদা

হৌজিক্তা নোংচুরক্লি - ৬

ইমাগী খুইরবা খুৎশানা নানবদা
খঙহৌদা তুমখি মান্নে
ইমাবুদি কৈদৌহুংদা কাউররোই
অহুগা নঙদি নঙনিদনা ।

ওইনিংবা মচু ওইবা য়াবা
হাপনীংবা পাত্রদা হাপ্পা য়াবা
লৈশিনবা মকমদা লৈশিনবা য়াবা
ওন্নীংবা মায়কৈদা ওনবা য়াবা
অহুগা, নঙদি নঙনিদনা ।

২৫ ওক্তোবর, ১৯৮৯

# মরাল

চাহৈদবা কয়া চাকুই
তৌহৈদবা কয়া তৌকুই
মমা মপা অনীমক্তা
নহা ওইরিঙৈ মতমদা ।

কপহৌই থামম্বা অহীংদা
তুরেল তোর্কবানদা
শোরেন ওলহনবিরবা অঙাংতুনা
থম্মোই শোক্লা হংহৌই
ঐগী ইরানবু করিনো ?

ঐবু তাইবং উহনদরে
ঐবু অরেম্বদা মাঙহল্লে
নখোয়না ঐবু বাহল্লে
হায়হৌই থেংলা মতমদা ।

৬ নবেম্বর, ১৯৮৯

# লৌবুক্তা কপচৈ

কারখানা লিংশি

কদায়দা,

লৌবুক্তা লৌবুক্তা লৌবুক্তা

ওফিস শাশি

কদায়দা৹

লৌবুক্তা লৌবুক্তা লৌবুক্তা

মহৈশঙ শাশি

কদায়দা

লৌবুক্তা লৌবুক্তা লৌবুক্তা

মহাজনগী গোদাউন

কদায়দা,

লৌবুক্তা লৌবুক্তা লৌবুক্তা।

ঙা য়োকএ লৌবুক্তা

উ থায়রে লৌবুক্তা

য়ুম শারে লৌবুক্তা

শাম্নবুঙ শেম্লে লৌবুক্তা

চেক শারে লৌবুক্তা

এরোপ্লেন তারে লৌবুক্তা

লাইনা য়াংপা খয়াংনিদা

চানবা চেঙ ফৌদি

নখোয় নপাদগী নোয় নমাদগী।

১৭ নবেম্বর, ১৯৮৯

# তুমিং ফাওবা

তাদা তামো বাবু সাহেব
খবকসি ঐঙোন্দা পীবিরো
তাদা চুরুপ লৈজরে
তামো কা লৈজরে
বাবু কায়গনি মখাদা থমজরগে
সাহেব মশিং শুবরা য়েংবীয়ু।
মীনা চীরা চায়না ঙমদে
চঙলকই খোকখি, খোকখি চঙলকই
য়ু, চুরুপ, কা নীশাশিংগী মৈথুবক্তা
রানা খাঙজখি মি অমোম।
নোংমগী মুমিংনি
মখল কয়াগী নিশাদা
কনতক থৌরকখি সাহেবকি গাড়ীদু
কনানা থারম্মী খঙদ্রবা
মীচং মীখায় নাইদ্রবা
লাইওইরবা খোঙনাঙ পাম্বীদা থেংজিনখি।
জ্ঞান তারকপদা বাবুদো সাহেবতো
হোসপিটালগী কাদা রানা খাঙজখি।
লাইরেন মতুং ঙায়িনবগুম
মতম অমদা সাহেব সাহেব
হৌজিক্কি ঙংলদরে নাঙদা
তুমিং ফাওবা।

২২ নবেম্বর, ১৯৮৯

# মথা করিবু লৈরি

মুংঙাইরে মুংঙাইরে
চংনবা চংনবি পুমকায় কায়
লৌনা লৈনা পুমতোই তোই
অমাং অশেং শলাক শা
অফ-ফত্ত পুংমুং মুং
শেগায়বা ঙ্কি ইম্নিংঙে ইন
ঈশৈ শকনিংই শক
বাখি ঙাঙগে ঙাঙ
তুনিংঙে তু চংনিংঙে চং
মুংঙাইরে মুংঙাইরে যুগসি।

৭ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯০

## ৱাহং

লাই হৱাওবরা ?
মী হৱাওবরা ?
লৈখিদ্রবা ইপা ইপু খুৰুম্বরা ?
ঐখোয় শানৈ য়ুনৈবরা ?
অশিবগী ফনবা
ঈশৈ শকপরা ?
অহীংবগী হীংনবা শেল তানবরা ?
ঈশ্বরবু শেংনা খুৰুম্বরা ?
মীবু য়ানবা তৌশিন্নবরা ?
পুক্নিংগী শেংলা ৱাহৈরা ?
চীনবানখোঙগী তৌশিন্নবা তাৎলা ?
মীগী মপি তাহনখিবগী
কোক্কবা লাইবু নীংবরা ?
অরানবা কন্না হায়জিন
হাঙলা চাকখাও থন্নবা হোৎনবরা ?

১২ ফেব্রুৱারী, ১৯৯০

# নুংঙাইরগনি মীওইবা

হে মীওইবা
ঙসিগী মালেমসিদা
কয়াম কুইনা হিংথিনি নঙ?
নঙবু হাৎনবা হোৎনরি
তমথিরবা মহিক কয়ানা
লায়না মথল কয়া থাজিন্দুনা,
নঙবু হাৎনবা হোৎনরি
কুমগী ঈচাও কয়ানা
নোংলৈ নুংশিৎনা
য়ুস্তার হাবনা,
অমুকন্থু হাৎনবা হোৎনরি
অকিবা ফংলবা বিজ্ঞানগী
খুৎলাই কয়ানা
নশানা শেমজন্থনা
নশাবু মাঙহন্নবা।
মসিনন্থু প্রেমব্রতন্থনা
নখোয় মশেন হাৎনরি
নশানা য়ানা
শাহিং চাবা ওন্থোকচন্থনা;
হে মীওইবা
কদায়দনো নঙগী চেনফমবু।

১৯ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯০

# লৈবাক্কিদা

ঐখোয় মশেন পঙথাদা থাগৎলৈ
কন থৌবনি
লিংজেন থাবনি
লাকচবা য়াদবনি
লাইগী মচানি
মফমসিগী মুপা থৌমা লৈ
মফমসিগী মুপী ইজৎ ঙাকৈ
মুংঙাইবা লৈবাক্কি
মমা লৈবাক;
ঐখোয় মশেন পঙথাদা থাগৎনবা
কনাসু য়াওদা ঐখোয় ঙাক্লা
ঐখোয় হৌজিকপু
কন থৌরিবরা ?
ঐখোয় লিংজেল মাম্নরিবরা ?
মফমসিগী মীওই থৌনা ফংরিবরা ?
মুংঙাইবা লৈবাক কৌখিল্লা ?

১৫ এপ্রিল, ১৯৯০

## যুগসিদা

তন্দনগী পুন্সি, তন্দনগী পুন্সি
কুফেং কাফেং লেপ্পা য়াদে
অমদা অমুক অমদা অমুক
চিরোনগী চিরোন মরক্তা
লেপ্পা য়াদে কুফেং-কাফেং,
করিদি লৈ মহু নত্রবদি
চপ চাবা মঙাল লৈজদে
লাক্লবনিনা হিংদবদি য়াদে
লৌনম তাং শীজিন্নহুনা,
মাগী মঙালনা সুংখিলদা কৈদৌরি
খাশিগী অমম্বদা
পীকচরবসু তাং তৌনা ঙাম্লি
মানি তন্দনগী পুন্সি
তন্দনগী পুন্সি।

২৫ মে. ১৯৯০

# মালহনবা

দোলাইবুনা হেক মতোংবা
খ্বায়দগী মুংঙাইবা
মপ গাড়ীবুনা
তোংউ য়াদবা।
সিনেমাদা মনীঙ
ড্রামাদা মমাঙ
চীং তুরেন
নুং উজাওবুনা
থরায় য়াওনা লাইনি থুকম্বা;
মাবু পোকপিবা মমাদনা
ওনখৎ ওনখৎতুনা
খিনা-খিনা চৈ থাংবা
মীয়াম মমাঙদা ইং তল্লী
ইমুংদনা।
চোঙশিন চোঙশিন খৎনগনবি
নখোয় নখোয়কো।

৬ জুন। ১৯৯০

## ওল্লোকপনিকো নও



হে বিবিষন
করম্বা পুংফমদা করম্বা মতম্মর্দা
নহাকপু পোক্লকপনো ?
শাগৈ মমা মচা কয়াগী
মাইয়োক্তা লেপ্পা ওম্বা
নচিন ননাও নচা নওশিং
লোইনা তুন্না মাওলেদো।
অরোন অথুপ লানফমদা
মপুনা চানবিনবা
নওনা লোইনা চায়রোকপা ঃ
লঙ্কা য়ুমথোঙ খুদিং
মপুরোইবা কায়নবৈ তেংথাখোক্ল
নওবু তাবা ওদ্ধিবরা ?
মপুরোইবা কায়নদবদি
নহাক্কী তালোয়ওনি
ময়াম্না কপ্পিবসি তাশিন্নদনা
মুংওাই মংলান্দা তাওরিবা
করম্বা নওঙ্গী থাখলগী মওনোনৈ।

২৭ জুন, ১৯৯০

# হৌদোং লম্বোইবা

অফবা শাবা থোরকউ
লমহুই তাং বীনা পায়বা ;
কোইচং চং
অমদা অমুক হায়জিন
মাদা লোয়শিল্লগা লোইরে ।

অফবা মালহনবা খুৎতি য়াওদবা
থবক্তি গুনিংদবা মতোং চান্নিবা
স্না লুপা লন থাদোকপা
হৌজিকী মতমসিদা ফাওবা তৌনজে
মুপীবু জুরারদা থাদোকপা
চিংখৎলকউ মোম্রংহু ।

আ, আ,
মপানি মবুথৌনি গুরুনি
মুপীগী মফি চিংথোকপা
খাম্বসু ওমদবা
করিদনো নথোয়গী নথৌনা পাজল
কদায়দনো নথোয়গী ধর্ম্ম
চিংথোরকউ মখুৎতু পুনশিল্লু
চুরি তাফমদা ইম্বোরকউ ।

২৯ জুন, ১৯৯০

# পরেং পরেং

পুমচাই চাইরে মফম খুদিং
মীগী মী ঙাক্না
সোরোক লমজাও
লৈরক খুল্লক
মীগী মীঙাক্না
কুশৈ ফিয়োং
পুমচাই চাইরে মীগী মী ঙাক্না,
লুহোংবগী কন্যানা চাইথংপা
পুমচাই চাইরবা লৈগুম।
পুম্নাঙ লাঙ ক্রিক-ক্রিক
মী অমগা মী অমগা
মথং মথং পরেং পরেং
মফম খুদিং পরেংগী পরেং ঙাক্না
ঈশিং য়াফমদা পরেং
টিকেং ককফমদা পরেং
চেঙ চিনী লৌফমদা পরেং
পরেংগী পরেং ঙাক্না
লুহোংবগী কুন্দো পরেংগুম।

৩ ডিসেম্বর, ১৯৯০

# করম্বা নুমিৎতনো

কৈদৌঙৈনো চপ তিংজনা
পোৎথাবা অমুক্তং ফংগবা
অম্বুক কুইরবসে কনাবু
নওনা য়েংত্নুনা লৈরিবা ?
থাওবা ওমদনা
কিনথবা হৌরক্লবরনে ?
নম্মুল তুরেনগী থোও নম্বোলবি ।
করম্বা মতমদা করম্বা পুংজাদা
করম্বা তাঞ্জদা অমুক্তং হৌগৎলক্কদবা
হে ভগ্যাচন্দ্রগী শামু !

অরাংবা থক্তা লেওদনা লৈরিবা
নওদি উরি থওলিনি
পুন্সিগী অরোম্বা লীচৎ
করম্বা পুংফমদা
অমুক্তং হৌনা খোংলক্কবা ?
কংলা শা অহুম ।

করম্বা কান্দা মালেম তানা
অমুক্তং য়ৈরক্কবা
অন্দ্রোগী পুংজাও ।

১১ ডিসেম্বর, ১৯৯০

হৌজিক্কা নোং. চুরকি ---।

# মনাৎ নত্তনা

মখুং শোক্লখি শোকনৈ '
ইতং হেক তত্তনা
চাওখৎপনি চাওখৎপনি
কয়ারক শোক্লগে
থব্রায়নদি ইতা তাদে
ইয়া য়ানিংদে
ইংলিস মচা নত্তবনরা ?
চাওখবনরা ?
হৌজিকসু অহুম
শোকনৈ চাওখৎপনি
ফজবনি অরেম্বনি
কায়নরমদাই চংলমদায় ;
শোকনৈ শোকনৈ
ইকায়বদি ফাওরি
থব্রায়নসু তাদে
ইনাৎতি নত্তবনা
সাহেব মচাসু ওইরুদবনা ।

৫ মে, ১৯৯১

# নুমিদাংগী নৈনম

পুন্সিসে করিনা শাই ?
মরু ওইনা
চেঙ হৱাই চানবা
কয়ানা পুনশিন্নগা ;
অহুদগীদি
নুংথঙনা মায়কৈ মরি
য়ৈহুনা শাই ।
নম্বর কুনগী মহুংদা
কুনমঙা ;
কনানো কনানো
বদায়দনো কদোমদনো ?
অমহুদরা অঙানবদরা ?
কান্নরোই কান্নরোই
পীখ্রে পীখ্রে
নুমিদাং লাক্লুমী হায় ।

১০ জুন, ১৯৯১

# কনানা কনাদা

সুমিৎ নিনী হন্নি
চাবা কংলকত্রবা
মফি মরোল মকম খণ্ডত্রবা
চাক্লিবা সুপাহনা ;
হোরেল সুমিদাং চানিংঙাই লৈবা
মফি মরোল মকম খণ্ডলিবা
চাক্লিবা সুপাহনা
পৈশা নি ।
চাক্লিবগী তাইবং
চাক্লিবগী সংসার
কনানা কনাদা ।

১৬ জুন, ১৯৯১

# ভখেল্লে

ভখেল্লে ভখেল্লে
মাঙগদবা পাম্মুইদা
কনামত্তা লৈতবরা ?
খায়দা,
ভখেল্লে ভখেল্লেবু
আ, পুখ্রি মপান্দা লৈহৌবনি
পোম্মিবরা শাংলিবরা হেংবিরম্মু।

১১ অগষ্ট, ১৯৯১

# অরোইবদা অহোবনা কৈদৌরুনি

য়েংঙোই,
নোংমা শোয়দনা লাক্লে মনাক্তা
তম্নখিনি নাপ্পা থেংনা অচুম অয়াম
পুন্সিসিনা লোইরমদাই মতাং ঙাইরবা
চুইতলা কাহুগী মিহুৎথোঙলা
শাংলা লুতুংগী শম্নাংশিং থাদনা
থেংতকপা অহীংগী থাবল মঙান্দা
নঙ ঐবুদি ঙাইদি ঙাইরম্মুকো ।
লাকে ঐসু থাবল মঙান্দুদ ।
ঙৌরুনবা ফুরিংতু হাইরা-হাইরহুনা ;
সোরোক্কী নুং মচা কাওরা কাওরহুনা
খুদকী ঈশৈ ঙংলা ঙংলহুনা
তারিবরা ?
নঙবু কুইনা ঙাইবদি ঙম্মোইকো
মাঙ্গালগী কমদা তোংহুনা
মখৌ পোংনা খুমনা খোংলবা
ঐ লাক্লমনি থল্লুকো
উশাদগী উচেক্কা থঙহৌদনা পাইথোকখিবদা
ঐ শাক্তরম্মনি থঙউকো
তাওবা হুইনা নীংঙায়দনা খোংলবা
ঐ চৎলবনি নীংশিংউকো ;
থাজদনা থনজনগ্রবা থাবল মঙান
অমংবা নোং মপৈ-মপৈনা
মীৎকুপতুদা অরাবা তারবনি কাউগনুকো ।

অচুবু ঙসিদি,

লাইবক্কী চোইজায়নরা শল্লাং

মমি শামি উরক্লমাম্নেং

থৌগংলবা ঈচেল অমা

অমম্বা অহীং অমা

শিথরক্রা উপাল অমা

লোঙৈরক্রা পুন্সি অমা।

১৬ আগষ্ট, ১৯৯১

# নহাক্কং লৈরম্লবদি

অরেম্বদদি শাখিবা নত্তে
মতম কয়া চঙনা
লৈনবগীদমক শাখিবনি
ঙসিদি ইরানগীদমক
লৈবা তারে
থাং চাউরবা চেকপম্নসিদা ।
অহুবুনে,
চেকপনগী মমুংদা
চহী কয়া লেপ্লবসু
মীংনা উবা
মফম অমদা
নহাক্কা লৈরম্বা থোক্লবা
হৌখিবা খঙহৌরোই
চহীশিংদো
অহুবু ঙসিদি ।

১৩ সেপ্তেম্বর, ১৯৯১

# মুক্তি

পুন্সিসে হামচৎনরক্রবদা
অঙম্বগী য়াঙংদৈ
খুংহৈবনা শাখি
মুক্তি অমা ।
খেম্নবা লৈচে
হৌজিক্কী মীসিগা
লৈবাক্কী অরাবা তারক্ক-,বা
লৈবাক্কী চাহোং ৱাহোংনবা
খুংহৈবনা শাখিবনি ।
হেম্মহুম রাবা হেনগৎলক
থুগাইরসি থুগাইরসি মুক্তিসে
মথং মথং শোয়কখিঃ
খঙহৌদা মুক্তিহু
মখূং মশা হায়হুম্মকখি
৫ হম্না হেম্মহুম রাখি
মীপুম থুদিংমক ।

১৯ সেপ্তেম্বর, ১৯৯১

# অকুৎপদা পেকখোকপা

লুপ্রাবি মচানা মখোঙ হাম্বদা
লাইরেন, অমা তারকখি;
কনানা তিমবুন নাপুন্নি
ময়াম্না হায়নখি
লাইরেম্নি ! লাইরেম্নি !
অমা অনীনা নত্তে
খরনা
মানি মানি,
ময়াম
তুম্মিন তুম্মিন নোক্লখি।
লুপ্রাবী মমা মচা
শিরসিরা ফাও খনখি।
খঙহৈরা কয়া
মুন্না তাম্নখি খিনখি
হায়রকখি ;
তিমবুন নাপুন নত্তে
কবুই কৈওইবনি।

১১ ওক্তোবর, ১৯৯১

# অশিং অরম্বা

অচীকপা অহৌংগী অতিয়াগী
থানিলবু য়েংহুনা
হৌগ্রা রারী নীংশিংনা
পাওনম হিদেনসিগী
লৈঙোইথকসিদা ফমহ্ননা
নঙবু ঙায়ারঙৈ ;
নামিবা মানা পুরক্কনা
অসৈবা লোয়শঙদগী
মুংশিবা খোঙ্গেলসু তারক্লি ।
অসুম্না কয়ারকনো
থেংখাঙ থেংখাঙ ঙাইরকপা ।
অহৌংগী লীক্লাসু লেপ্তনা তারক্লে
অকি অখঙ থাদোক্লা
ঙহাক থুপলুসিরা হিজ্জগাংদা চঙহুনা,
পলেপফম খঙদ্রবা রাখলগা লোয়ননা
ফম্নরে ভোর্কবানগী নাপিথক্তা ;
চংলসিরনে ঙায়খিসিরনে
তাহৌরনি নাপিথক্তা হকচাংগী মফমদি
তাহৌরনি উপালদা থুংশাগী মমিড়ি
খঙহৌদা লাকপা থোক্লবা
খাঙগোন মুংশিং মালংবা
য়েংউকো,
কুইনা ঙায়হনবগী
খজাই লেংলোন অনী চুপ্না
মীকপতুনা লৈথোকনি ।

হৌজিক্তা৯ লোং চুক্লি ৭৩০

ও ! তারক্লে মখোল অমা
লাক্লমান্নে লাক্লমান্নে
ঙায়জবগী কান্নবা ফংলে
হায়রিভৈদা মখোল থরম্নু তান্নক্লে
পাখংনা চেল্লকপগী
খুজিংশিং য়ৈশিন্নবগী মখোল
চি্ক-চি্ক তারে লেপ্তুনা তান্নে ;
লাকপগা শাওগন্নু হায়ন্ননি
লেপ্লরনি ইনাক্তা
হংলক্লনি কয়াম কুইরে
লীক্লা তারক লুমাং শমলাং পান্নক্লিং ;
শাওনিংবগী নুংশাসোন্ননা য়ৈবদা
মাগী অমুবা মীংকি
শাংতকপা পাশিংন্নু
তনিক তনিক্লনিদো
হাযরিভৈদা
শিংলক্লে নামিবা লেপ্তুনা শিংলক্লে
মায়কৈ পুম্বন্নু ইহাং হাংনদি উরক্লে ;
ও ! লিরি মালংবা জুম্বদা
কংশিল্লক্লবা নোংশি্ক
পাম্বীশিংগী মখোল
চি্ক—চি্ক ।

২২ নবেম্বর, ১৯৯১

## মমি শামলবা

লৈই অমা
চিংবা হৌরকখি ।
লৈবাক্তা চিংবা
খোঁশাখিদে লৈইবু
লৈইতুগী মহুং
মুংঙাই পাম্বা
লাঙখি চাখি নোকখি
মীকপ খোরক ;
লৈইতুগী মহুং
য়াং চাওরবা চেকপল ।

৩ ডিসেম্বর, ১৯৯১

# হয়োওরো লুংঙাইরো

হো য়া, য়া, হো য়া
হো য়ায়া হো য়া,
তাংনা পোকপা
ঙসিগী মীওইবা
লুংঙাইহৌরো লুংঙাইহৌরো
লুংঙাইবা পাম্বা
জগোই খুংথেক থেক্তুনা লৈসি।

হো য়া, য়া হো য়া
হো য়ায়া, হো য়া,
মহৌশাদগী তৌরকপনি
লুংঙাইগদবনি শাগদবনি
য়াওদবা তৌহৈদে
লাইগী থৌরমনি
চানিংঙাইগী বাকুম্নু
ওন্দবস্থ থবক
জগোই খুংথেক কোংতুনা লৈয়ু।

১৩ ডিসেম্বর, ১৯৯১

# ননীং নমাং হোত্রোং হো

হো ভরানবা !
হো হুরানবা !
নকোক্তা নাপি পক্লে
পক্কদি ;
অসুক মোংলবা উফুল ৱায়ফুল
সহর খুঙ্গং
অমোংপগী অমোংপা
ফত্তবগী ফত্তবা
ঙাকতা ঙাইরদবো ।

হা কবুই কৈওইবা !
ননীং নমাং হোত্রোং হো
ঈশিং য়ুরে ঈশিং য়ুরে
য়ুদদি,
হৌজিক মতমগী পোংনবো ।

১৪ অগষ্ট, ১৯৮২

# নুংশিবা

মেঙলবা থাবল মঙালদগীদি
অচীকপা অমম্বা অহীংনা
হেন্নদুম ফজবা নুংশিবা হেল্লি ।

চাংজৌ পানা
হায়না হন্না চেল্লিবা ঈচেলদগীদি
নুঙ্গায়রকী শীক্লবা ঈচেলনা
হেন্নদুম ফজবা নুংশিবা হেল্লি ।

শংবান্নরবা ঙুনা রানানা নৈতেংলবা
য়েনিংথাগী উপাল রাপালদগীদি
ইকং কংলবা
মশা মরেং য়াওব্রবা
নুমিদাংবাই নোংজাবী মঙালগী
নাকেনথাগী উপালনা
হেন্নদুম ফজবা নুংশিবা হেল্লি ।

চুমত্রিং চুম্বা লম্বীদগীদি
শেম্বিব্রবা খেক খোয়রবা
ঙাংলৈনবা চীংলৈবাকী লম্বীনা
হেন্নদুম ফজবা নুংশিবা হেল্লি ।

নীংথিবীগী তোয়না তোয়না
নোকথিবা মীনোকতগীদি
নুংশিবীগী হিক্লা হিক্লা
কপথিবা মীকপনা
হেন্নদুম ফজবা নুংশিবা হেল্লি ।

অহুননি ঐনা,
কল্লিমংভা চংখোক্তনা
নহাক লাকপা ভাইহনা
লৈরমগদৌরিবনিকো ।

২ সেপ্তেম্বর, ১৯৯২

হৌজিক্কা লোং তুরাক্লি - ৩৩

## কয়াম কুইনলো

য়াক্লা য়াক্লবা খোঞ্জেল
মীকপ খঙখোক থোক
মীংনা খঙউ উ
য়ৈথায় থুগাইরবা শক্তমশিং ।
গাড়ীনা কয়া খৌ
বুটশিংনা লুয়া চং
হুইশিংনা লেপ্তা খোংলক
নোংমৈ মখোয়া হৌরক
তাইহেন্দ্রবা মীকপ মীরাওখোল ।
লোইনইদনা পীরিবা অরাবা
চৈথেং থাঙবৈ নাহেখোল
মাইয়োক্লবা ঙমদবৈ চৈনা
চীন পায়া ভাংঙমদ্রবা
কয়াম কুইনলো থাঙগবা ।

৮ সেপ্তেম্বর ১৯৯১

# ঈশ্বরগী মফমদা

ঈশ্বরবু থুরুমনিংবা
পুকচেল শেংলবশিং
অশেংবা ফীজোন্দা
অচুম্বা বাখলদা
লাকই ঈশ্বরগী মফমদা।

ঈশ্বরদা লুপচবা
ঈশ্বরবু শেম্নবা
কয়া লৈরমই ;
থুরুন্মী কৎলি
ঈশ্বরবু নীংজবশিংনা
পাকসি মন্নুংদা শেল
মপান্দনা শো ;
শোজৈহুনা ঈশ্বরদা
লুপচবশিংগী মথুৎতা।

১৪ ফেব্রুবারী, ১৯৯৩

# ৱাকৎ

অচীকপা অথেংবা অহীংদা
কংলা শা কুমথরক্লে
কোইনা চংলে
অহীংবা ওল্লগে হায়রে।
ভাগ্যচন্দ্রগী শামুসু
কুনবা ৱারে
ঐবু শাবা কনানো হংলক্লে।
পাওনা বাজার থাঙাল বাজার
টিকেন্দ্রজিৎ রোদ
যেংশিনবিদ্রবা কায়ব্রবা মিংথেংলতগী ওইরে।
মখোয়গী ৱাকৎ তান্নবি
ৱাকৎফমদি কনাদা
ৱাকৎফমদি কনাদা
অহীং-অহীং থম্মে
নোংঙাল্লবদি য়'দবশিংনা।

২ মার্চ, ১৯৯৩

# থোৗরী কোঙ্গোয়

হে থোৗরী কোঙ্গোয়
নহাকপু লাইবক থিরিকরা ?
করম্বা মফমদা হৌরমহুনবা
করম্না কনানবু শেমখিবা ;
অরা অনা মরক্তা
নোংমগী চরা তানবগি
চৈথেং মরক্তা
তাখিবা থোৗরীনা কনাগুম্বনা ?
করম্বা পুংফমদা
শিল হৈবা কনানা শেম্নবনো ?
নঙগী কোংঙোয় সুংদনি
মানি, নঙগী কোঙোয় সুংদনি
তুংগী মীরোলদা
কাওবা ঙমদবা অমা
পীরম্নগা চংখিবা ।

৭ অগষ্ট, ১৯৯৩

হৌজিক্তা শোং সুরচি—৩১

# মথংদা করি

সিবু ঐখোয় লৈবাক্লা ?
মানদে থাজদে নহেদা
রাং চাউরবা ফুরা-দলান
করম্বা মতমদা শাখিবা
সিবু ঐখোয় খঙহৌদ্রবরা ?
নখোয়না হায়না লৈরম্লগা
ঐখোয়না কোয়না লাকপরা ?
নত্রবদি কমদৌনা
ওইদ্রেদা ঐখোয় লৈবাক
অা ! মতমদো
চহী অমা অনীদা নত্তে
চহী তরেৎনি খুন্তাকখিবা
মথংদা অমুক মরোল লোনবা জাতিদা
চহী কয়ামা ;
হৌজিক্লা অমুক
পুংপঙ পঙথরবা
য়াই থারবা ঙাগুম
অমগী মথংদা অমা
অমগী মথংদা অমা ।

২৯ অগষ্ট, ১৯৯০

# মঙফাওনদ্রবা

হৌজিকসু তারি
অথেংবা অহীংদা ;
বরমাগী,
অঙ্গো চীংগী চীংখোঙদা
কনানো অমা
থম্মোই হিক্লা
কপ্পা অমা
মমা লৈবাকপু
নুংশি নুংশিনা
চৎপ্রবা থরায জমনা
চঙশিনবসু য়াদা
হন্দোকপসু ঙমদা
নুংশিবা মরমদমবু য়েংহুনা
তুমিন্না লৈরিমায়ে

৫ নবেম্বর, ১৯৯৩

# নুংশিবীবু নুংশিরুবে

নোংয়াই থম্বা মীরুবা নজু
শিজরেদো ;
থুং চুম্বী
নওগী তশেংবী [illegible]
খোইবীগী থুংতা
অঙোম নোংবান্দা
করি নরাল লংজরুবগীনো ।

১৩ নবেম্বর, ১৯৯৩

# ঈশ্বরগী থৃৎশেম

থুকম্মী ভাক্তর থনাগী ঊচিশিংনা
হম্না হম্না ঈশ্বরবু।
নোয়রবা মশা লেংবা ওমজ্রবশিংহুনা
ভত্তনা মপুক্লিংদা থনৈবে
অয়াকপা মীশিংনা
চথায়রম্মু লংখোকপিরম্মু
ওশিনলম্মু ফায়জিন্রম্মু
মোৎলা মোৎলা হয়াওজৈ
ঈশ্বরগী থৃৎশেম ঊচিশিংনা থাগৎলি ;
জগৎকি মপুদি খোজাল হৈদকো হায়না।
অমাংবা ময়ক্তা
মশা লেংবা ওমদনা হয়াওবৈ
মচাশিংগী নোঙ্গ পেল্লবা
মশক ঊবদা ;
হেম্না হেম্না থাগৎলি
অওম অথৌশিংসু
ঊচিবু চানবিরেদো হায়না।

১৭ এপ্রিল, ১৯৯৪

# হাম্রফম খণ্ডদে

মণ্ডলা
তুপি অমা উম্পি
তুপি লৌখোকপলা
মীকপ খংখোক খোকই ;
তপ্লা হৌগংলি
ফুরিং লৌখোকপাদে
খংশোন শোনখৈ ;
ফমুংদা ফম
লামহুনা কাঙখল থাদা
জান মাঙলে ।

২১ এপ্রিল, ১৯৯৪

# বাখল মচেৎ মচেৎ ১

ছুইসেম্না চিনবান্দা ভোংহুনা খোংই
চুমথাঙ মচুশিংসিবু কনানা হাপলিবা ঃ
অশেম খুদিং লকীনা থাংখৎলক
য়ুমনা অসুম অসুম লেপথরক
লৈক্রিগী মসুংদা থবারবু শারহল্লুই ।
য়াওশংগী থাবল চোংবদা
হো, হিংচাবা কৈকেনো ভৌরকঙদো
ঈশিংদগী মৈ, মৈদগী ভাগোই
লাইবক কৈকদকো
সিনেমা তোলগী মা
মখল কযাগী ঈগী মহাও য়েংইদা ।
অহুৎতে সমুদ্র নৈবদো মশক থঙহৌই,
পোমশাৎনবদা সুংশি সুংশি
শাৎকায়বদা ফজ্রৈ ফজ্রৈ
কেল্লবদা নঙ নাতোমতগী
নোং চুবদবু কদায়দগী ঈশিং
কৌক্রদবু মস্তুল ভুরেল
লাইরবগী মশক উরগা
চক্ষু অকাপ্পবনা নোক
ঈশ্বর নীংবা শেংলবা মীওইশিংনা
পুক্তা অমাংবা পুহনা
কোইচং চং ।

২১ এপ্রিল, ১৯৯৪

# ৱাখল মচেৎ মচেৎ ২

থাজগনবা থম্মোইনুংদা
ঈথক হৌখি ঈথক হৌখি।
অঙাংবা লৈ নাচোমজুঙ্গী
কয়ানা ৱানা থাঙরবা
লৈচিলগা নোংগাস লৈরমজরবদি
অতিয়াসি করম থাঙগনি।
ঈশিং চাওরগা পোৎ তাংলগা
থঙলে কনানা হুংঙাই
ও! চীংশিংতুরা তুরেন্দুদি
হন্দক মপোকসিমগীদি
কাঙবা ঙমগদবা মানজে।
ঈশ্বরনা হায়রম্মী তানিংজে খিৎ
চেং কিলোদা অ, অতিয়া;
হায়গৎলাং উচিলাং চৎলসিরনে ওল্লিদা
মোইবুঙনা খোংালবরা মীনা খোংলিবরা ?
খোংলবদি চুমলেদনা।
  নঙ্‌.দমক নহে নঙঙ্‌.দমক ৱাখ
থক্লগা হেমতুম নীংশিংহল্লে
অমম্বা লাইশঙগী অকিবা লাইশিং
পামুইদকো লম্বীগী নিংখোদো
অতুক ম্বাম্বা চৈথেং চৈনাদবো
অঙাংবা থম্বালনা চাকখাও অহোবদা।

৫ মে, ১৯৯৪

# মোংফমথক্তা

উরি থেংনরি
মোংফম কয়া কয়ামা
ফুরা কয়া কয়ামা
পীক্কা লমদমসে
নোংমা কাংজ্রে মোংফম কয়ানা :
অকনবা কয়া হৌগৎপা ভমদনা
লৈরোন কয়াগী মহুংদা
তুমহুনা লৈরে তুনিন্না
পাঙ্গল য়াওদ্রবি কয়ানদি
লাউব্রি শম্নাং থাদোক অভাওবিগুম
য়েংলি মোংফমথক্তা।

২০ ওক্টোবর, ১৯৯৪

# থোদাং

লমন খুম্বা হায়বসি
মীওইবা ওইনা পোক্লবদি
তৌজ্রবা য়াদ্রবা
মপুগী শিনথানি।
লমন খুমজ্রবা মীদুদি
পাপ কয়া লওজরবা
পোকপগী মহৈ য়াল্লব্রবা পুন্সিদি।

পীকথ্রবা জীব ককচেং ফাওবা
মঙোন্দা শোকলুবা নম্লুবদা
পীকথ্রবা মচিন্দুনা
চীক্কদবগী লাকনৈ।

লমন খুম্বনা
মীবু থোনা হাপ্পি
লমন খুম্বনা
মীবু অচুম্বা লম্বী খঙহল্লি
লমন খুম্বনা
মীবু মী ওইনা হিংহনবা ঙম্মী।

লমন, অং লমন
মীবু ঙাকপি হৈবা
অতুগুম্বা
মহাপুরুষসু ঐদি নত্তে।

২০ ওক্টোবর, ১৯৯৪

## লৌশিংতা থাজনা

লৈ নাচোমগী
মন্দিলা মরুমদা
শদৌ থোংনা
চোলোমহু ঝানা থাঙজখি।
পাহল থেক্না
তানজবা লন
নাচোমগী মীনোক্না
নামৈ চক্ক শমখি।

১০ নোবেম্বর, ১৯৯৪

# ৱাখল মচেৎ মচেৎ ৩

লোক্তাকী ঈশিংনা
থাঙগা চীংদা কাহুনা য়েংলি।
ফুম্না ইকায়হুনা লোংলি
নৌনা হিক হিক ভেংথাহুনা
পাওরা ওইনা ঈলগী মনাক্তা তান্নি।
অনকপা হিনা খঙহৌদা
থম্বাল ওইনা শাংকায়রক্লবদা
ঈলনা হংগেন্দগী পাইথোকখিহুনা
লৈচিলগী মক্নমদা তুমিন্না লোংখি।
তনৌরবি মুজানা
থু হেম্না কুমথনা
ঈশিংদা শম্নাংনা তাওহল্লি।
মনাকী ঙাশিংনা শম্নাংহু
চিংহুনা পায়হুনা নাগহুনা শাম্নরি।
হৈকক য়েল্লিনা অনকপা তৌদা
ঙাপহুনা তন্না মমিং উইথখি।
তপ্না হুম্বা মালংনা
ঙাথু থেংথু মুজাগী
ফি থুংদ্রবা হকচাংদা শাম্নরি,
লৈচিলনা পায়থ্রবদা
ঈলহুনা ঙৌরুনবা ইনফি ওইহুনা
মুজাগী হকচাংদা কুপশিনখি।
ঙঙ্হান্নবা নোংজাবিস্থু
চীংয়াদা তুমিন্না পাকথখি।

১০ নবেম্বর, ১৯৯৪

# ঝারেম

শৈরেং ইরোই থল্লে
শৈরেং ইরগা করি তৌগদৌরিবা ?
শুদি শুনিংদনা
মোল্লং শায়হনা করি কায়রিবা ?
লৌবুক্তা চোংথতুনা
থবক শুদনা
যেংপাক পায়দনা
কায়দবা
খুৎতি যাওদনা
নখোযনা ভুংদা লৈবগা
মীওান্দা ইনশিনবদা কনবা,
ঝারেম থৌরেম
করি
লৈচিলনা নোকপা
লৈরাংনা শাওবা
ওইবা য়ারোইদবা
নখোয়গুম্বা ভাক্তা থোবক্তবদি
চাকখাওদি কনানা হোৎনবিগনি।

১৫ নবেম্বর, ১৯৯৪

# মাঙখিগদৌরবা খোঙ্গুল

লাউরি ঈশিং মনুংদা ঙাশিংনা
খোৌশাদনা কংফান্দা লেপত্নুনা লৈরি
হকাম চম্না তানখি কম্থনা
মহাপ্রভুশিং ।
অবাবা মরক্তা
হেন্না বারি ঙাশিং
ঈশিংবু কংখিদরা !
অচৌবা জীবশিংনবু য়োংখিদরা ?

মহাপ্রভুশিংগী খয়াংতগী
পাথরকপা অচা অথক খরদা
লাম্বনা পঙথরবা খরনা
চেনশিল্লি লাকনৈ অমগা অমগা ;
খংনরকই মকল্থি পুখোরকই
লাকচবা য়াদবা ঐখোয়নি
মখোয় মশেনতা চোঙশিন্নরকই
অঙাংবা ঈখেং তানরকই
মহাপ্রভুশিংনা নোকমি নোকমি
কুম্মৈ ওইনা য়েংলি কংফান্দা ।

১৫ নবেম্বর, ১৯৯৪

# থাংশাংলা থুংতা

মীবু হুংশিবিয়ু
জীববু হুংশিবিয়ু
জীব হিংসা তৌগনু
তোল্ল তারা কয়াবু ঙাকপিয়ু
মীনুংসি লৈয়ু
কয়াদা ফজগ্রবা কয়াদা চুমগ্রবা।
অদুবু
মাংনা হাইগৎলিবা
ঈ পাম্নবা থাংশিংনদি
কনাগী মফমদা
করম্বা মীনুংসি উৎকদৌরিবা।

১৭ নবেম্বর, ১৯৯৪

# ঙাইবগী অরাবা

ঙাইহনখি ৱাওথাংনরা হুমিদাংক্লাইফাওবা
লাকনি হায়রম্মগা করিগী লাকত্রিবা
ঙাইবসি ৱায় খঙলিবা নঙনা ।

নঙবু ঙাইবদা
মনীং তম্বা সুংশিৎনা
কেম্নবা চোকথরবা হকচাংদা
সুংশি হৈত্তনা
মশীং খঙদনা য়ৈবিখি ।
ৱারৌগল্লবা থম্মোইসে
থাজদনা কপখি মান্নে
তাখি পিরাং থিংথোখক্কা
মনীং তন্না ।

শীম্থহৌবা ঐগী পিরিকশিং
অয়ুক্কী কোংগৌ নৈশানা য়ৈবদা
মনিল ওইনা পাইখিহুনা
নোংগী মরক্তা তিনগ্রে ।

নোং ওনগ্রবা পিরিকশিংহুনা
নোংমদি চুথরকখিনি
ঙাইবগী মমল খঙদবী
নঙগী নথক্তা
কুমগী নোং ওইনা ।

১৮ নবেম্বর, ১৯৯৪

# ঐগী অরাবা

লাম্মিনি ঐ
পৃথিবীসে অমুক্তং
জয় তৌগে থল্লিবা।
চানবিরবা করিগুম্বা
ইমা ববানা
তাকপিরবা ঙমজরো হায়না
শোয়দনা ঙমগনি পৃথিবীসে
মীৎনা কুপ্পদা লৌশিনবা।
অহুনা ঐনা হোৎনৈ,
ইমা ববাবু অমুক্তং খুক্লমজনবা
অহুবু, থল্লকপা মীংকুপতা
কদোমদগীনো
নোংলৈ মুংশিৎ কয়া কয়া
লৈচিল নোংফাই কয়া কয়া
হেক্তমক মরক থৎখি।
ঙসিদি
পৃথিবীবু জয় তৌক্লবদি লায়রদনা
ঙমদ্রে খুক্লমজফাও ইমা ববাবু।

২৪ নবেম্বর, ১৯৯৪

## ম্লাখল মচেৎ মচেৎ ৪

অহীংহুনি অহীংহুনি
থেঙ্গ্না কপ্পা উরবরা ?
খজাইদগী পিনা নাম্থরক
শগোনসি নোক্রিরা কপ্লিরা ?
কনানা খঙবা অনৌবা মতমসিদা ।
মৈচাক মাগী মৈচাক
শহি মৈতাল্লা
চংঙা চংঙা
লিন লিন কাংথোল মখাদা ।
য়োংদগী মী অফবদগী ফত্তবা
পাম্নবদগী পাম্নক্লবা
নুংশিবদগী নুংশিরক্তবা
ঙৌরুনবা লৈচিলবুদি য়াখিনা
কোইলাস মথক্তা নাপিনা নোক
অতিয়াগী থবানমিচাকশিংসে
নিংথমগী মৈফুদা হাপচিল্লগা তিক্রবদি
অহৈংবসি থর কোক্লগনি ।
পুংবু কয়া তারবগে থেংলবরা ?
হিয়াংনি তাম্নবনি ঈশিং ঈশিংদা
শামৈদবু নারেং খোংজি
আ ! থরোইদো কায়খি
সংসার পুম্বা চিংখায়খি ।

২৭ নবেম্বর, ১৯৯৪

# নঙবু লাক্করি

নঙনা পামজত্রবস্থ
মখোয়না মশাগীতা খন্দুনা
নমহুনা চৈথেং পীখিবনি
অহুগা,
নঙনা চৈনাহুত্নমক খাঙহৌবা।
হৌজিক্তি পুম্নকোক কোকলে
কয়াদা য়েংহৈদ্রবা নঙগী শক্তম।
সিমক্তদা
মশাগীতা পেম্নবা
ঙসিস্থ লেপ্পা লৈতনা
নঙবু লাক্কবিরি
নখোল নরাল তাকহনবমখৈ।
নঙগী লৈজরম্বা
ফজবা পুম্বা মাঙজ্রে
ইমাংসিদা লৈরি
নঙনা তুমপক তাশীন্দুনা খাঙলি
হে চাংজাঙ;
অহুবু
নঙবু চৈথেং পীরিবা মখোয়না
মসিমদি খঙজি
নঙনা লোইবদা মখোয়স্থ লোইরনি।

১২ ডিসেম্বর, ১৯৯৪

# কনাগী মরাল

মতমগী কল্লা
ঙ্গুংশিংনা হুম্বদা
হিংবগী ইনফিনা কোমথরক
কুংলা পুন্সি লৈরায়দা
কল্লা থীংবা ভমজবা
ঈথক ঈপোম্মা
লেপ্তুনা হাজিনক
হিংনবগীদমক
মশীং নাইদনা মীনমখি ;
চাকখাওগীদমক
অরানবা কয়া
মশীং খঙদনা চংখি
কনাদা কনাগী পাপ ।

২০ ডিসেম্বর, ১৯৯৪

# কনানা কনাবু য়েংলিবা

অ্ন য়েংলিবা মীশিংনা
খাজনবা শারুং মন্নুংগী
শওমতুবু য়েংই লক্নে
মানদি করিস্ত নাচুংদা লৈরি,
শওমনা উরি থেংনরি
মীওই কয়া কয়া
চংলি মমাঙদা
অঙাং অহল
নুপা নুপী
মীশিংনা য়েংলিবরা ?
মানবু য়েংলিবরা ?
শওম্না মীওইবগী
খেন্নবা মওং মতৌ
নোংমা কাংদা উরি।

১৯ মার্চ, ১৯৯৫

# অরোন অথুপ

ইগে খল্লম্বনি
করিগুম্বা পুন্সিগী রান্নী ওইরবসু
ইগে খন্নকপা মীৎকুপতা
কদোমদগীনো রাখল অমনা
অরেম্বা হেক হেক তাহল্লি।
শোন্থরবা খম্মোই
ছীকথরবা হকচাংনদি
ইগে খল্লি ওসিসু
পুন্সিগী থোদোক কয়া কয়া
অরোনবা অফোওবা
থেংনরকপা কয়া কয়া
ঐগী মাগী মহাক্কী মখোয়গী
রান্নী কয়া কয়া;
তমথোকপদা তুজুংগদবা অকিবা কয়া
অকোয়বদা লৈরিবা থেংনরিবা ঊখিবা
মীয়ামগী অরোন অথুপ কয়া কয়া
করিগীনো মীওইবসে
হায়দোকপা তমথোকপা য়াদবা
অরোন—অথুপ
অহুক য়াম্না লৈরিবসে।

১৯ মার্চ, ১৯৯৫

## করম্বগীনো

হোরেম্না কদায়দা
হয়েংনা কদোমদা
নাকোং থাংগৎনা
অরানবগী লান্দবগী
পীক্লিবা মচাশিংনা লেপ্তুনা কপ্লি ;
মকোক মক্ক ইফা-ফা
মপুরোইবা কায়নবৈ
চপ লেপতুনা লৈরি ।
কুমগী হরাও কুইম্মে লাকপদা
মমা কয়া অঙাওবিগুম
নীংশিংহুনা কপ্লি,
মহাক অমা ৱাংপদা
কয়াদা অৱাংপা ওইগ্রবা
প্রজা লৈতবদা নিংথৌনা
করি ওইগবা ?

১৪ এপ্রিল, ১৯৯৫

# কদায় লোৎখ্রে

অফবা লৈত্রে
অফবা কদায় চংখ্রে
অফবা মী
থৌ তৌনবা
থীবা ফংদ্রে।
অঙাংগী লাইরিক্কী ইনকা
খুদম পীনবতা ঙায়হৌরে
অফবা থীবা ফংদ্রে
অফবা হায়বা
য়াইহেসিমতং ঙায়হৌরে।

১৪ এপ্রিল, ১৯৯৫

# হৌজিক্তা নোং চুরক্লি

অহৌং লীক্লা খাঙলা
হুংখিল মৈশাবু লাংনা
চীংয়াগী ঙৌরুনবা
অপাইবা নৈচিল মরুমদা
শাগৎখি শরুম অমা
পাদম লাক্কুনা ;
নকতক্লা খনজখি
মাগী বাখল
হৈজামপেং মখোঙদা কমহুনা ।

খঙহৌদনা কুমগী নোংজু মরক্তা
শমজিনা কনাগী নাচোন অমা
মনিঙ তম্মা শাংকাদ্রকই ।

লাপতক্লা শমজিগী নাচোম্মা
কাংদোঙ ফাবা উরগা
মাগীদমক খম্মোইসিনা পেম্মোকচখি ।

ঙসিদি খঙগে হোৎনদ্রবা
লীশাং শিংপা বারী কয়া
ইমাঙদা কৈদোম নাইনা তাররি ।

ঙৌরুনবা নৈচিল উরুরগা
করিগীনো খম্মোইসিনা তথক্লিবা
ঙঙ্গানবা নোংজাবি উরুরগা
করিগীনো খম্মোইসিনা তুজুংলিবা

খেংজিনগ্রবা অহৌংসিদা
হৌজিকসু চীংয়ায়দা
লেপ্তনা লানমৈ চাকলক্লি ;
করিদি অমুক তৌক্কগনি
পৌরোল চেংনা
লোনশিল্লবা খোঙজাংদা ।

২০ সেপ্তেম্বর, ১৯৯৫

# থা শুরক্লবী শৈরেং

থা য়্যামলক্লবী শৈরেং
ফজরম্মী মতম অমদা
লৈতেংলম্মী নওবু,
মথল মথেনগী
ফজবা বাহৈ কয়ানা
কদায়দা শোয়খিদগে
লুনসু থম্মরম্মী ;
হৌজিক্কি কদায় ?
মনীং তম্বা কয়ানা
ছায়নিংবা কয়া ছায়নরি ।
থা য়াম্মক্লবী শৈরেং
হৌজিক্কি য়েংহৈদ্রে
অডাং উনবা ঙমদনা
মপুন্সি লোইরদরা ?

২৭ এপ্রিল, ১৯৯৬

# নীংজবা অমগীদমক

লৈ ঐবু
খদংতুনা কংপিগন্নু
ঈশ্বর মাগী মখোঙদা,
অতুগী শরুক
খদংলবস্তু ঐবু
পাপ লৈত্রবা পীক্রবা অঙাংশিংদা
পায়হনবিয়ু ।
নত্রগা,
অচুম্বগী খবায় থারিবা
অঙাংবা মৈরিদা লংশিনবিয়ু
চংমিম্নজগে মাগা লোয়ননা ।
পামদে ঈশ্বরগী মনাক্তা
পং পুমহুনা কংহুনা মাঙবা ;
নঙনা ঐবু শেমবিখি
অহীং হুংখিন নাইদনা
ইখোঙ শোমবিখি
ঈশিং চায়বিখি
ঐবু শেম্বিবা নঙগীদমক্তি
ঐ মাঙবা ঙমগনি ।

২৩ মার্চ, ১৯৯৬

# অঙাংবা মচুগী মতম

থোরক্লিং
অঙাংবা শুমিং
চাক্লক্লিং
অঙাংবা নৈরি
তারক্লিং
অঙাংবা ঈথেং
পাইরিং
অঙাংবা ফিরাল
উরিং
অঙাংবা মেংফম।

১৪ অগষ্ট, ১৯৯৬

## কৈদনো

মীকপ মীরাওখোলনা
শেগাক শেগায়রে পৃথিবী,
অরাবা তারবা
মখোয়তনা খঙজে ।
মীওইবগী মীমুংসি
কদায়দা লোৎথ্রবগে ?
কপ্লি লাউরি কায়নবৈ
শিবনা মীওইবগী পোলোইনি ।
অয়ুক মুংথিন
হুমিদাং নাইদনা
ঙৌরুনবা মৈখু
মপৈ মপৈনা
অতিয়াসে কিস্তরনি ।
১ নবেম্বর, ১৯৯৬

# মিরাং

স্না লৈবাক
লৈকাই
ইয়ুম
মিরাংগী
মিরাংঙাক্কা।

১০ ফেব্রুৱারী, ১৯৯৭